শরৎ চন্দ্রগী

# বোঝা

হন্দোকচবা—
রঘুমণি শর্ম্মা

# বোঝা

( পোংলুম )



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

হন্দোকচবা-

রঘুমনি শর্ম্মা

ফোংজবা—

শ্রীএল, জিতেন্দ্র ( ইন্দ্রকুমার ) শর্ম্মা

ব্রহ্মপুর, নহাবম।




অহানবা খুত্থাং—

১৯৮৭ ইং

কোপী মশীং ৫০০

মমল লুপা ১৫/-

ফংফম—

দেবলা বুক স্টোর, মসজিদ রোড।

নম্ফম—

দেবলা প্রেস, পাওনা বাজার।

# ৱাহৈ অনিদং

মুপীগী লমচং-শাজং য়েকপদা থোইদোক্লা মশিং লৈরবা সাহিত্যকার শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী "বোঝা" (পোংলুম) হায়রবা ৱারী অচুনি। অসিগুম্লবা মশক নাইবা অইবা অমগী লাইরিকপু অতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপা হায়রবসিমক থোইদোক্লা অশোয়-অঙাম থোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। অচুম ওইনমক লাইরিক অসিদা পীরিবা মমল নাইত্রবা মহাওহ পামজক্লবনা হন্দোক্লুমা পাঃ-ব্রিবশিংগী মিংয়েং ৱাংদা লাহোকচরিবনি।

হন্দোকচবা—

# অমা

ঙসি সাগরপুরদা মী য়াম্না তৌল্লি, ঢোল, বাঁসি অমস্তুং মন্দিলা অসিনচিংবা যন্ত্রগী মখোলনা খুঙ্গং পুম্নিন নিনগ্রে। চয়োল অমা চুপ্পা থোদো অসি চংথরক্লি, মতু খুঙ্গংগী অমস্তুং শহুগী অকোয়বদা মাইল মন্নি-মঙাগী মীপুম খুদিংমক থঙই। রাজসূয়-যজ্ঞ অসিদা মীয়াম অমনা চপ মান্নবা থিল্লি-য়ৈরিবা চুমেন পালা, অচুক আদর্শ লৈনা মান্নরবা সহনাই পালা, কাংসিগা লোয়ননা য়ৈব-থিনবা যন্ত্রশিংগী অচুক পাঙ্গল লৈবা উরম্বী মতুদি, খুঙ্গংগী মীনা মসিগী মমাংদা অসিগুম্বা থৌওংসি কদ্মি গুম্বদম্ব উখিদ্রি।

মচু মখল-মথেলগী য়ৈনব-থিন্নব-খোংনবা যন্ত্রশিংগী মতেংনা মীওইবা কাংলুপকী মুংঙাই-ঈপাক্তা তাউননবা শিনগ্রে, মতুদা খুঙ্গংগী শাশিংদি থোইদোক্না খোইশাউনখ্রে, মরু ওইনা যন্নাওশিংগী কাংবু, ঢোল-চুলোকী থরায় ফুকদোবা মখোলতুদা মখোয়গী থম্মোয়দা কাওরক্লিবা চৈথেংগী ঙমখৈ অমুক লৈখিদ্রে।

অস্মুক হাক্না ইরাং তৌখিবগী মরমদি, পাখং কাম্রিবা চহি তরামখিদা ডাইরিবা মুপামচা অমা লুহোংবগীনি।

সাগরপুরগী জমিদার শ্রীযুক্ত হরদেব মিত্রগী অমত্তা পোকপা মচাহুপাগী লুহোংবগী থৌদোক মতুং ইন্না অসিগুম্বা থৌওং অসি চথখিবনি। হরদেব মিত্র য়াম্না ঈনাক-খুনবা মীনি, মহাক্কী চহিগী আয় লুপা লিশিং কুনমরি-কুনমঙারোম লাকই। মরুগী মমিং শ্রীযুক্ত সত্যেন্দ্রনাথ মিত্র কৌই, হেক্কার সাহেব স্কুলদা এন্ট্রান্স ক্লাসতা মহাক তম্লি। অহুক চহি মৌনা লুহোংবগী মরমদি, সত্যেন্দ্রনাথকী মমাদনা মখৌনুপীগী মশক উনিংবনা খাংডমদবদগীনি।

বর্ধমান জিলাগী দিলজানপুরগী জমিদার শ্রীযুক্ত কামাখ্যাচরণ চৌধুরীগী মচানুপী অতোপ্পা সরলাগা সত্যেন্দ্রনাথকা লুহোংখ্রে।

মশক ফজবী মৌনি। সত্যেন্দ্রনাথনা য়াম্না হরাওজে।

চহি তরাদা ডাইরিবা নুংশিরবা মৌ-মচা অহুগী মাইথোং উবদা সত্যেন্দ্রনাথকী মমা থোইদোক্না থম্মোয় পেজরে।

লুহোংবগী মথংগী চহিমক্তদা হরদেববাবুনা মনৌ-নুপীহু লৌশিল্লুই, মরমদি— য়ুম্মুমেনবগী অসিগুম্বা অপাম্বা থোইদোকপা লৈরমদে মহুদি, মনৌ-নুপীবু মপামদা অহুম থম্মবগী। মহাক্না অয়াম্বদা হায়রম্মী, "লুহোংলবদি মচানিশ্চোলবু মপাগী য়ুমদা অমুক থম্মা হৌনদে।" মত অহু ফত্তবা নত্তে।

সত্যেন্দ্রনাথকী লাইব্রিক তুম্বা থুদোংচানবগী সক হরদেববাবু মাগী থুপীগা লোয়ননা কলিকাতাদা লৈরবা ফারম্মী, সরলা কলিকাতাদা লাক্লে। অদুগা ওইনা লুহোংই হায়রুনা সরলা হরদেববাবুগা রা ভাংলৈ, মহুদা নত্তনা সত্যেন্দ্রনাথকী মমাংমক্তদা কাওবা মনেম্বোক্তা রা ভাংলৈ, যুবুরেনবীনা মহুদা হয্যাওজবা নত্তনা খুংঙাইতবা তৌদে।

মতম খরা লৈরগা কামাখ্যাবাবুনা সরলাবু মযুমদা অমুক পুখি, মহুগী মতুং থা অনি লৈরগা সত্যেন্দ্রনাথনা ল্যোংমা শাউরুনা হায়রম্মী, "লাইব্রিকশিংদা কোকফাই হাইগনলে, মুককুদা মুক কংলে, অসিগুম্বা মীশক অমফাওবা লৈত্রে মসি য়েংশিনবিনবা।"

হায়রিবা রাসি মমানা ভাব তারম্মী, হরদেববাবুগী নাকোং য়োত্রে; মহাক্না নোক্লুনা মমৌনুপী লোইহনবা মী থাখি; ইথি, 'ঐগী যুমদা ইরাং অমা থোকদৌরে, নুপীমচানা নত্তনা থাম-জিনবা ভুমগনি নিংদে। মরম অদুনা নুপীমচাবু থাবিরকউ।'

সরলা অমুক লাক্লে।

সত্যেন্দ্রনাথকী থবক মচা-মগু পুয়মক মহাক্না তৌই। লাইব্রিকশিং লৈতোক-কয়োক্লুনা লোইশিন্দুনা থম্বা, কলেজগী কিরোলশিং মকম চানা থম্বা, হায়বদি হাথু হাথু তৌবদা মঙং মায়দবা কুদাম অনি হেক পায়খৎপা, নত্রগা চাক চাবদা থোইদোক্লা তপমনখিরুনা পেরিয়ট অমা নাস্থোক্লিং নাস্থোক্লিং তৌরবা মতমদা কাপ থাবা থোঙউপ নাম্বনা কার্পেট ৩া তাহনা

লৈবা অহুগা নাম্মনা মহাক্না হেক থেংনদবা, থোৰীদা থাক্লবা ফুরিং মক্ষম হেক খঙদবা, পুম্নমক অসি থোক্তমবা সরলানা য়েংশিল্লি ; সরলা লৈত্রবদি অসিগুম্বা মওং চাদবসি মঙোন্দা তত্তনা থোকই।

অস্থুম্না পুক্লিং লৈচংদবা মীশক কনাস্থু কৈদৌঙৈদস্থু উদে! থবক পুম্নমক অসি সরলা নত্তনা অতোপ্পা কনানস্থু তৌদে হায়বা য়াই, অহুবু মহু তৌব্রবস্থু সত্যেন্দ্রনাথনা থোইদাদে হায়দুনস্থু ওইরম্বা য়াই, থবকশিংসি সরলাদনা তৌই!

# অনি

সুশীলা সরলাগী মচে অহলনি। মহাক্তী মচানুপা চউমগদৌরি। মরম অহনা কামাখ্যাবাবুনা মশুমুপা চাক ইনবগী থৌরমদা সরলাবু মযুমদা পুনলবগীদমক কলিকাতাদা লাকই।

সরলাগী মচেনা সরলা অমসুং সত্যেন্দ্রনাথবু লাক্লবগীদমক্তা চেকশিন্না হায়জনা চিঠি ইরকই। মরু ওইনা সরলা চহি অহুম্লোম অসি দিলজানপুরদা চংতে।

সত্যোন্দ্রনাথসু চংকনি হায়না যারক্লে, মতম অহুদা কামাখ্যাবাবুনা য়ায়া হয়াওনা মক্কাকনুপা অমসুং মচানুপী পুহনা মযুমদা হল্লকই।

য়ুম্বরেনবীনা মতম কুইনগী ভুংদা মখোয়বু ফংজবদা থোইদোক্না হয়াওরম্মী।

মচা চউমগদৌরিবা মমা অহু লাক্লগা মখোয় অনিদা বা কয়া তম্মী, মওং কয়াদা পেলহল্লি।

শুভকর্ম্ম অপনবা লৈতবা পাংথোকপ্রবা মতুংদা সত্যেন্দ্রনাথনা মযুমদা হনবা পায়কই, অহুবু য়ুম্বুরেনবীনা মহুদা থোইদোক্না থিংই, হায়রকই, "অম্বুক কুইরবগী ভুংদা লাক্লিবনি, মুমিৎ খরনিগা অমুক লৈথখো।"

সরলানস্থ থাদোক্লে, মরম অহনা অমুকস্থ মুমিং ছম্নি-মরিনি লৈথখো হায়বা সত্যেন্দ্রনাথনা য়ারম্মী।

মুমিং ছম্নি-মরিনি হোৎগ্লে, অহম ওইনমক সরলানা থাগ্লোক্লিংলমদে।

অহবু সত্যেন্দ্র চৎতবা য়াবস্থ নত্তে, লাইরিক তম্বদা থোইদোক্লা অকায়বা থোক্কনি ; পরীক্ষাস্থ থোইদোক্লা কুইশিল্লক্লে। চৎলমদায়দা সরলানা হায়রকই, "ঐবু লৌরবা কৈদৌঙৈ অমুক লাকপিগদগে ?"

সত্যেন্দ্রনাথনা হায়রকই, "নঙনা লাক্লিংবা মতম অহদা।"

"অহ ওইরবদি ঐবু তরানিমুক্কী মতুংদা লৌরবা লাকপিয়ু।"

সত্যেন্দ্রনাথ য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না মহ য়েনা খল্লমদে।

মতম অহদা পীরাং 'লক্না সরলানা মপুরোইববু বিদায় পীরগা নোক্কনা হায়রকই, "য়েংঙোই, ঐগীদমক্তা খনবিরুম্মু, অহিং অথেংবা ফাওবা লাইরিক পাঠনা নাবা থেম্বিরুনু।"

অহিং পুং তরাদগী হেন্না লাইরিক ঔন্নাওদনবা থোইদোক্লা চেৎনা পাউমেঙ্গরকই।

করিনো ইপেন্দা পেন্দবা লায়না অমা চেন্দুনা সত্যেন্দ্রনাথ মুমিং অহদা কলিকাতাদা থুংলে।

সত্যেন্দ্রনাথ লাইরিক অমা ফাজোক্কনা ফম্লম্মী। লাইরিক্কী লামায়গা মহাক্কী মপুক্লিংগা কন্না মুক্না শান্নরম্মী।

সত্যেন্দ্রনাথনা মণীং থিহুনা য়েংলকই, মুমিং চুপ্পদা লাইন কুনতরুকথক্তা পারি। মথরায় মুংঙাইতনা মহাক্তা খল্লকই, অঙকপনি! মত্তৌ অম্মুয়া পারবদি পাশ ওইরগনি!

মপুক্লিং মুংঙাইতবহু অম্মুম অম্মুম শাউরংনবা ওল্লক্রে। মথাক্তা খল্লকই, অম্মুকশিংদা ফাওবা পাবা ছমজ্রে নহালমখৈদি পুং তরাদগী হেন্না পাক্লবদা হেক্তা মৈ মুথংলৈ, অহুনা মপুক্লিংদা রারৌহুনা মাবু কদায়দনো পাদোকগ্রগা নিংথিনা লাইরিক পাগে খল্লম্মা। তশেংনা মহুগী ওগ-ইতননা থোক্রে! ফয়েংমক মাবু লৌবা চংলুগনি, মহু নল্লবদি ঈকাই খাংগীদমক্তা ফেল ওইবা তারব্রা?

ওইনিংবা ওইজসম্ম. সত্যেন্দ্রনাথনা অসিগুম্না লৌশিং অমা শাগ-চরকই— করি তৌরগা লৌরুবা য়াগদগে হায়বা! করম তৌনা রা কাংথোক্লদগে? ঈকাইবা পোক্লকই। অম্মুক হাক্তা মুংশিক্লরিবসি কমদোননো? মুমিং নিনি—

মীনাই অমনা চংলক্লগা মত্তোন্দা টেলিগ্রাম অমা পীরম্রে, সত্যেন্দ্রনাথ শাথীনা চঙক্লগ্রে, অমুক খল্লনবা মতম লৈত্রে, কদায়দগী টেলিগ্রামনো? কোঙর হাংদোকপদা সত্যেন্দ্রনাথকী থম্মোয় নিক্লকই। মশুংদা ইরম্নিবা অহুদা মকোক উক্ল-ক্ল লৈত্রে। সরলা নারে।

মুমিং অহুমক্তদা হরদেববাবু সত্যেন্দ্রনাথবু পুহুনা দিলজানপুর তম্না যাত্রা তৌখি।

শুমাংদা কামাখ্যাবাবুগা থেংনৈ। হরদেববাবুনা পাখংনা হংলকই, "নুপীমচা কমদৌরিবগে?"

কামাখ্যাবাবুনা হায়রকই, "লেংশিনবিরকউ, ইমুংলোমদা লেংশিনসি।"

হরদেববাবুনা ইমুংদা চংলকপদা উরে, সরলা ওবা-কায়বগী লায়রানা খুহুম চল্লম্লে, নোংমন্দা সরলা মশক খঙবা ঙমদবগুম্লম্লে। মমিং আঃ য়ৌনা কুংগ্রে, থম্বাল মানবা মাইথোংহু কাহংলগ্রে।

খঙ-হৈরবা হরদেববাবুনা কিভম অহু অফবা নগ্রে কায়বা খঙলে। মপী তৈথোক্লগা কৌরকই, "নুপীমচা সরলা!"

সরলানা নৈহুনা য়েংলকই। মতম অহুদস্মু সরলা নিংখিনা গ্লান তারি।

"কমদৌরিবগে নুপীমচা?"

সরলানা নোকক্কং চৌনা খুম্লকই, "নুংঙাইরিদনা!"

অহল অনিমক্লা খঙলে, মসি মশানা মশাগী কিভম খঙজরে হায়বা!

ময়াম থোকগ্রবদা সত্যেন্দ্রনাথ মনাক্লা চংশিল্লক্লুনা কম্লরে। খাংঙমদবা পাখংপনা মহাক রা ঙাংবা থোক্রে। মতম অহুদা পুঙমদ্রবা ক্লুনগংলবা খোঞ্জেলনা মহাক্লা কৌরকই, "সরো!"

শিগংনরবা পুঙমদ্রবা খোস্থোক্লি। করি মাঙ্গনি! মতম চুপ্পদা খঙলক্লবা খোঞ্জেল অহুনি, নুংশিবা মিঙ্গৌ অহুনি—সরো! মসিবু কাউবা য়াগদ্রা?

সরলাদা য়েংলকই। মহাক্না হরদেববাবু উবমক্তদা হায়না সত্যেন্দ্রনাথ লাক্লমগনি হায়বা ভাবনা থরমথৈ শাগংচগ্রবনি।

সরলানা মপুরোইবদা কাগী তৌবা য়াম্না পামজৈ, নোক্কুনা হায়রকই, "করিনো, লৌরবা লাকপিরিব্রা?"

রা অহু অহুম কমজিনগ্রে।

ঙসায়মথৈ করিগুম্বা মওং অমদা সত্যেন্দ্রনাথকী মিংকী পীরাং থিংহনা থম্লক্লিবনি, ফিভমহু উবদা সৈঙোইগী পন অহু নিংথায়গ্রে।

সত্যেন্দ্রনাথনা খঙই, অসিগুম্বা মতমদা কপকদবা নত্তে। অহুবু মরাইবক থিরবা মিংকী পীরাংনা মহু থম্বিক্লখিগদ্রা? নিংথিনা তপ্না তপ্না মনিং তৌন। মখোয়না অমমম ওইনা মরিক মরিক তাবা হৌরকই। মখোয় সরলাদা তৌনরি।

অসিগুম্বা খুদোংচাবসি মখোয়না করিগুম্বদা ফংগ্রব্রা? করিগুম্বদস্থ ফংখিদে। নহাক্কী নত্রগা সরলাগী য়েংহ্নুনা মখোয়না খুদোংচাবা অসি করিগী নাম্থোকহনগদগে?

সরলানা কৈদৌঙৈদস্থ মপুরোইবনা কপ্পা উখিদ্রি। মহাকস্থ কপ্লকই।

কনা কুইনা লৈরবা তুংদা মপী তৈথোক্লগা মহাক্না হায়রকই, "হয়েংমুক্কী মপোক থাজবিব্রা?"

সত্যেন্দ্রনাথনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "থাজরম্বা থাজরমদব্রা খঙদে, অহুবু ঙসিদি মপুং ফানা থাজরগনি।"

সরলাগী মাইথোংদা হরাও-মোমোন তৌবগী মমি তারকই।

হিদাক পীথকপা মতম ওইরে হায়তুনা কামাখ্যাবাবু, হরদেববাবু অমসুং ডাক্তরবাবু কা মনুংদা চংলকই।

ডাক্তরনা মিহুল য়েংলগা হায়রকই, "আশা কয়া উদ্রে, অতুম ওইনমক ঈশ্বরগী ইচ্ছাদা লৈরে।"

ঈশ্বরগী আপাম্বা মতুং ইন্না থংনবা নুমিৎকী অয়ুক পুং তরেৎ তাবা মতমদা সরলা তাইবংপান থাদোকখ্রে।

সন্ধ্যা মতমদা হরদেববাবু সহে জনাপু পুতুনা কলিকাতাদা চনখি।

# অহুম

করিনো মঙং অমা ওনখিবগুমশে। নিংথৌগী মোম্পাক মোক্তেক্তা য়াতাদুনা ইন্দ্র ওইবগী নুংঙাইবা মঙাও খজিক্লং ফংজরম্মী, নোমদুনা কনাননো নুংঙাই-মঙলানদু খুগায়বগুমশে। অহিং নোংয়াইদা কৌগংতুনা ফম্ম, তুম্বা কায়রে— পুন্সি চুপ্পা লেংয়ুনরক্লবা তঙ্খায় তারবা ঝা থোংগ অঙুদা হিপতুনা লৈ— ঐ কপকদা, নত্রগা নোক্কদ্রা? নুংঙাই-ইচেলদা ডুমথং নাইদবা ঈপাক্তা তাউদুনা চংলম্মী. খঙহৌদনা মযম-মরাং খঙদবা কৌশিং মপৈ অমদা পাদুনা লৈতৌবগুমশে, খঙলে কেংদোৎঙেদব্ব অকুক হৃন্না তাউথবা ফংলরোইদমাক্লে। পুম্নমক খব-খা ওনবগুমশে। পুন্সিগী কেন্দ্র ফাওবা কনাননো চিংথোক্লুনা পরিধিগী মপালদা পুথোকশে। করিম্বু অরেপ্পা খঙবা ঙমদবগুম্মী। করিনো তৌরিবা অসিদু?

অহিং নোংয়াইদা সত্যেন্দ্রনাথনা থোঙনাও ময়াদা ফমদুনা সাগরপুরগী অমম্বা য়েংদুনা লৈ। উ-রাশিংদুগা করিনো চপ হুবা ভাব অমা সত্যেন্দ্রনাথপা শিন্নরি।

ছু ছু ছুমগ্রনা অহিংগী নুংশিং শিংতুনা চংরে। করিশুম্বা খরা হায়রল্লিরা? করিবু হায়রমগনি! রা অদুমগনি। মক্ষম খুদিংমক্তা রাফম অদুমক্তা হায়দুনা চংখি। করি তৌরবগে?

কোকিলনা মশাগী খোঙ্হোক্তা অমুক খোংখিদ্রে, তশেংনা 'শিদ্রে' হায়না খোংলবগুম্মী। তিঙ্গোং-কাঙ্গোংনা মশাগী খোঙ্হোক্তা অমুক খোংখিদ্রে। মহাক্লম্দু খোংই, মৌ শিদ্রে। খুদিংমক্তা য়াকম অহুমতা হক্তিন হক্তিন হায়রিবা করিগীনো? ক্ল হু হুম্নিবা অহিংগী মুংশিংনা য়াকম অসিমক হায়বগুম্মী— লৈদ্রে, লৈদ্রে, মহাক লৈদ্রে।

করম পাল্লিবগে সত্যেন্দ্রনাথ? কোক্তু য়াম্না কন্না চাওক্ল-রিরৈনিনে? মহু ঙসিদি মতম য়াম্না কুইদ্রেদনা! চাইহাক্তা তুম্মু ভাই! মতম চুপ্পা মতৌ অম্মুম্না থোক্তনাও ময়া অহুদা কমহুনা অহুম লৈরগদ্রা?

সত্যেন্দ্রনাথ অমম্বদা থরাম্মিচাক য়েংলম্মী। থ্বাইদগী হেন্না মুশি মুশিবা অহুবু খোইদোক্তা বপুক্লিং লৈতানা য়েংই।

মমিং উইশিন্নবা মথৌনা লৈতে— তুংদা মহু মাংজখি-গদৌবগুম্মী। য়েংনা য়েংনা চোকথরক্তুনা মকম অহুমক্তদা মহাক তুমথখি। অধুক্তা মিংকপ খোরকপদা মহুমকপু অমুক হন্না উননবা হোংনৈ। মঙাল মঙোন্দা হৈনদে। থাবলদা অহুক হন্নাওবা নৈতে। খোইদোক্তা অহুক মুশি মুশিবা থরাম্মিচাক্তী মঙালহুদা করিবু উবা ফঙনি।

সত্যেন্দ্রনাথ এম, এ, পরীক্ষাদা ফেল ওইদ্রে। পাস ওইনিংবগী অপাম্বম্দু অমুক লৈখিদ্রে। থৌনা মাংদ্রে, পাস তৌরগা থরাম্মিচাক মনাক্তা চংলকদ্রে?।

হরদেববাবু ইমুং হুপ্না মপুঙ্গংদা হল্লক্লে।

সত্যেন্দ্রনাথনা হায়, মশাক য়ুমদা লৈরগা নিংথিনা পরীক্ষা থাবা ঙমগনি। সহরগী অহুক চরাংনবা অহুদা নিংথিনা লাইরিক পাবা ঙমদে।

সত্যেন্দ্রনাথ যৌক্তিক অসিগুম্বা মথল অমগী মীশক ওইগ্রে মহুদি, মশক উবদা মতম কুইনা চাব-থকপা ফংলক্রবা, য়াম্না কম্না নাকুবদগী ঙসি-ঙরাংদা ফগংলকপা মীওই ওইরবোই নিংই।

মুংথিলদা সত্যেন্দ্রনাথনা কাগী থোঙ লোনশিল্লগা কোটো লৌথরগা উকুল কপ্লোকই; মশাগী অমনবা লাইরিকশিং লোই-শিন্দুনা থম্মী; হারমোনিয়ম থৌলেত্তনা হাংদোক্লুনা শেংদোকই। সরলাগী ভরু ভরুবা লাইরিকশিং অমুকস্তু তৈথোক-নাস্থোক্লুনা থম্মী; অক-অফবা লেফাফা থন্দোক্লগা সরলাদা চিঠি ইরগা মথক্তা হেডিং করিনো অমা থারগা মশাগী উপুদা হাপচিন্দুনা থম্মী।

সত্যেন্দ্রনাথ! নহাক নথন্দা নত্তে। মী অয়াম্বগী লাইবক নহাকী মত্তোঙুম্না নহা ওইরিঙৈদা মৈ চাক্লিরবনি। মী পুম্নমক নহাকী মত্তোঙুম্না ঙাওব্রা? চেকশিল্লু, সত্যেন্দ্রনাথ! পুম্নমক্কী ঙমখৈ অমা লৈ। নোঙ্গাপ্রবু মুংশিবগীস্তু অরেপ্পা ঙমখৈ অমা লৈ। করিগুম্বা ঙমখৈদগী লাস্থোক্লুনা চংলবদি অরাবা নঙ্গনি। কনানস্তু কনবা ঙম্লোই।

সত্যেন্দ্রগী মমা মরোশিং ন্নাম্না চাউই। মহাক্না নোংমা মপুরোইবদা হায়রকই, "ঐগী সত্যেন্দ্রনা কন্নিনো ভৌম্নিবসি উবিদত্রা?"

মুম্নুরেম্না হায়রকই, "উন্নিবনিনে— অহুবু কন্নি ভৌগদগে?"

"অমুক লুহোংবিয়ু। মৌ অফবা লাক্লবদি সত্যেন্দ্রনাথ অমুক নোক্লকখিগনি— ন্না ঙাংনবা অমুক ন্নারকনি।"

নুমিং অহুদা সত্যেন্দ্রনাথনা চাক চাবা ফম্নরবদা মমানা হায়রকই, "ঐগী ন্না অমত্তা তাওদনা?"

"কন্নিনো?"

"মহাক অমুক লুহোংবা তাবে।"

সত্যেন্দ্রনাথনা নোক্লুনা হায়রকই, "ন্না অসি! মহ্ হনুথং অসিদা, মহ্ অমুক কন্নিগীনো?"

মমানা হান্নদগী পীরাং পৈথংভুনা থন্নক্লি, মহ্শিংহ্ হৌজিক ন্নাহৈ অমত্তা মাংহন্দনা হৈথবা কৌরকই। মমানা মপী ভৈথোক্লহুনা হান্নরকই, "চহি কুনমাথোই অসিদা কনাম্ভ হনুদে, অহুবু সরলাগী ন্না নিংশিংলুবদা অসিগুম্নসি চিনসিদা অমুক পন্নিংদে। অহুবু ঐ ইথন্দা নৈনা অমুক ভম্নক্লে।"

মথংগী অম্নুক্তা হরদেববাবুনা সত্যেন্দ্রনাথপু কৌশিল্লগা ন্নাকম অহুমক হায়রম্মী।

সত্যেন্দ্রনাথনা কন্নিগুম্না পাউখুম অমত্তা পীদে।

হরদেববাবুনা ভুম্বিমা লৈবা মওং অসি য়ানিংবগী খুদম্নি হায়বা থওলম্মী।

সত্যেন্দ্রনাথনা মাগী কাদা চংলক্লগা সরলাগী ফোটোগী মমাংদা লেপতুনা হায়রকই, "তারত্রা সরলা, ঐ লুহোংগদৌরে।"

ফোটোগ্রাফনদি ৱা ঙাংবা ঙমদে। ঙমগ্রবদি করি হায়রমগদগে? 'ফরেনে' হায়রমগত্রা?

# মরি

সত্যেন্দ্রনাথকী লুহোংবা হন্দক্কি কলিকাতাদা হোংই। সত্যেন্দ্রনাথনা মতমহুদা কন্যাগী মাইথোং অহ য়াম্না নিংথিজে হায়বা খণ্ডলক্ষ্মী।

ফজজসনু, মহাক্না অহুম ওইনমক থল্লকই, মহাক্কী কোকথক্তা পোংলুম অমা ননশিল্লে।

লুহোংবা মতুং চহি অনি নলিনী মপামদা লৈ। অহুমশুবা চহিদা মহাক মপুন্নোইবগী য়াইফ-কোন্দা লাকই।

য়ুম্নুন্নেনবীনা মমৌ অনৌবীগী থাজ মানবী মাইথোং উবদা সরলাবু কাউননবা অমুক হোংনরকই, য়ুম্বানবা মওং তানবা অমুক হোংনরকই।

অহিংদা মখোয় অনি নাক-ন্নেংকা হিপমিন্নহুনা লৈবা মতম অহুদা অমগা অমগা য়া ঙাংনদে। নলিনীনা খল্লি, অস্নুক থৌওইদ্রিবদি করিগীনো?

সত্যেন্দ্রনাথনা খল্লি, কদায়দগী কনানো অমা ঐগী সরলাগী হিপকমদা হিল্লরিবসি!

মৌ অনৌবীনা ঈকাইহুনা মপুন্নোইবদা য়া ঙাংজবা ঙমদে—সত্যেন্দ্রনাথনা খল্লি, য়া ঙাংলক্তবসিনহুম করবনি।

নোংমা অহিংদা সত্যেন্দ্রনাথনা মিংকপ থোরকপদা উরে, ফমুংদা কনাস্থ লৈতে। লৈহনা মুন্না য়েংলকই, কনানো অমা থোঙনাও ময়াদা ফমহনা লৈ। থোঙনাও হাংলি। অহাংবা লম্বীদা থাজগী মঙাল কাওজিল্লক্লি, মঙাল অহদা সত্যেন্দ্রনাথনা নলিনীগী মাইথোং মচেং থরা উবা ফংলে, উইক্রম্নরবা মিংতা থাবল মঙালদা মাইথোং অহ য়াম্না ফজনা উরকই।

মনা থাঙ্গংতুনা মহাক্না তারকই, নলিনী কপ্লি।

সত্যেন্দ্রনাথনা কৌরকই, "নলিনী—"

নলিনী চঙক্রগ্রে।

অহুবু নলিনী তপ্না তপ্না চংশিল্লক্লুনা মনাক্তা ফম্নরে।

সত্যেন্দ্রনাথনা হায়রকই, "করিগী কপ্লিবনো? করিগী কপ্লিবনো?"

পীগী ঈচেল শক্লক অনি কনথংনা চেম্থবক্লে, চহি তরাতরুক শুরবী মহাক্না মপুরোইবগী চানবিবা ৱা অসিদা!

ফনা কুইনা ফাজিন ফাজিন কপ্লগ। মপী তৈথোক্লগা মহাক্না তপ্না তপ্না হায়রকই, "নহাক্না ঐবু হন্না য়েংবিদ্রিবা করিগীনো?"

থঙদে করিগীনো। সত্যেন্দ্রনাথস্থ য়াম্না কপ্পিংলক্লে। মহু থিংলগা মহাক্না হায়রকই, "নহাকপু ঐনা হন্না য়েংনিংদে কনানা হায়বগে?"

নলিনীনা খুমদনা ৱা পুম্নমক তারকই।

সত্যেন্দ্রনাথনা ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "ৱাকম অসি কনাদস্থ হায়দোক্লরোই থল্লম্বনি, অহুবু তমথোক্রবস্থ

করিগুম্বা কান্নবা অমত্তা লৈতে, নঙোন্দা করিস্ু লোংলোই। রাকম পুম্নমক শেংনা তম্নবদি নহাক ভাব ভাবা ঙমগনি, ঐনা অস্নুম্না তৌরিবসি করিগীনো হায়রবা। ঐ হৌজিকস্ু সরলাবু— ঐগী হান্নগী সুপীহুবু কাউথোকপা ঙমদ্রি। কাউগনি, অস্নুম্না খাজবস্ু লৈতে, অপাম্বস্ু লৈতে! ঐগী অপাম্বা মতুং ইন্না নহাকপু লুহোংবা নত্তে— ইশানা পামজনদি নুংশিবা ঙম্লোই।"

অথেংবা অহিং অহুদা মথোয় অনি মতৌ অস্নুম্না য়াম্না কুইনা ফমহুনা লৈ।

সত্যেন্দ্রনাথনা নলিনী কপ্লি হায়বা খঙলক্লে।

সরলাগী রা অমমম ওইনা সত্যেন্দ্রনাথকী মপুক্লিংদা নিংশিংলক্লে, তপ্না তপ্না মাইথোং অহু থম্মোয়-মিংত্তা উরক্লে— 'লৌরবা লাকপিরিব্রা' হায়না হংখিবহু নিংশিংলক্লে।

থিংঙমদ্রবা পীরাংনা সত্যেন্দ্রগী মিং থুমহংলক্লে, অহুগী মতুংদা খজাইদা চেন্থরক্লুনা তপ্না তপ্না পোপ পোপ তারক্লে। মপী তৈথোক্লগা সত্যেন্দ্রনাথনা তপ্না তপ্না নলিনীগী মখুং মশাগী খুবাম-নুংদা পান্নশিল্লহুনা হায়রকই, "কপকস্ু নলিনী, ঐনা শিনব্রা? অহিং-নুংথিল খান্নদনা ঐনা থম্মোয়গী অকনবা মৈচাক পুরি হায়রবা কনানস্ু খঙবিদে। থম্মোয়দা য়াম্না রাই। অরা-মৈচাক করিগুম্বা মুংখিবা থোক্লবদি নহাকপু নুংশিবা ঙম্নকপা য়াই, নহাকপু অমুক লুনা তৌবা ঙম্নকপা য়াই।"

হুনা থল্লবা নুংশিবা তৈবা রা অসিগী মমল মী কয়ানা খঙগদগে?

নলিনী মবুদ্ধি য়াম্না লৈবীনি। মহাক্না মপুন্নোইবগী অন্নাবা অহু খঙলে। মপুন্নোইবনা মহাকপু নুংশিবিদে, ন্নাকম অসি মহাক্না মহুন্নোইবমক্কী মচিন্দগী ভারে, অহুম ওইনমক মহাক ন্নারোদে।

অপঙবী নুপীনি। চহি ভরা তরুক শুন্নবা ফাওবদা করিগুম্বা ন্নারোবা হৈত্রবদি করি ভোগদগে?

অহুবু নলিনীনা খল্লকই, ন্নারোবনা হানগদ্রা নত্রগা ইপুন্নোইবনা হানগদ্রা?

নুমিৎ অহুদগী হৌনা করি ভৌরগা মপুন্নোইবগী অন্নাবা কোক্কদগে, মহুমক মহাক্কী চিন্তাগী অমঙা ঙাইরবা হীরম ওইন্নকই। করি ভৌরগা মপুন্নোইববু লৈখিদ্রবী নুপী অহলহু কাউহনবা য়াগদগে, ন্নাকম অসিদি মহাক্না অমুক্কস্থ খল্লুদে।

মৈচাক্কা কনাগুম্বনা মৈচাক শরুক য়াররবা, নুংঙাইতবদা ম নুংশি উংলবা, অন্নাবা-ন্নান্নী করিগুম্বা কনাগুম্বনা পুক্কিং চংনা ভাবিরবা, মহু ওইরবদি মঙোন্দগী হেনবা মরুপ অমমুক জগৎ অসিদা লৈত্রবোই নিংই।

মসিগী মতুংদগী সত্যেন্দ্রনাথনা নলিনীদা হৌখিবা ন্না কয়া তল্লকই। অহিং কয়া মথোয় অনি ন্নাকম অমত্তদা তুমদনা লেল্লি।

সত্যেন্দ্রনাথনা শুপ্পগী তম্বা মহুদা নত্তে, নলিনীনস্থ য়াম্না তানিংবগা লোয়ননা মপুন্নোইবগী হৌখিবা নুংশিনবগী ন্নান্নী ভাবা য়াম্নস্থ পামজে।

# মণ্ডা

চহি অনি হৌরে।

নলিনীগী মশাগী চহি হৌজিক তরানিপাল শুরে। হান্নগী মতৌগুম মহাক্কী অরাবা অমুক লৈরে। মপুরোইবনা হৌজিক মহাকপু অমুক থোওইবিদবা তৌরে।

মপুরোইবগী নুংশিবিবা মহাক্না নমহনা লৌখ্রে। নমহনা করিগুম্বা থরা লৌবা ওয়িবা মহাক্না মহু লেংদনা থম্বস্নু কৈ, হৌজিক মহাক্কী করিগুম্বা নুংঙাইবতা অমত্তা অমুক লৈরে।

সত্যেন্দ্রনাথ হৌজিক পাবনা জিলাগী ডিপুটি ম্যাজিস্ট্রেট ওইরে।

নুপীনা লুনা নিংবা অমদি মক্তবা নুংশিবা ফংবদগী মহাক্কী অওনবা কয়া থোকখ্রে।

ওফিসকী থবক্কী অহাংবা মতমদা মহাক হৌজিক নলিনীগা য়ারী-য়াতাই শান্নে, নোকমিন-খেমিন্নে, ঈশৈ-নোংমাই তৌদুনা হরাওনা লৈমিন্নে। য়াহৈ অমদা হায়রবদা সত্যেন্দ্রনাথ ক্না নিংথিনা মী ওইরে।

মীওইবনা ফংদবা মতুদবু মহাক্কী থোইদোক্লা নুংশিজরবা পোৎশক ওইরবোই থজি। মীওইবগী লমচৎ অস্নুয়া তৌই।

নহাক শান্তি ফংজ্রে, শান্তি খিচুনা লৈয়ু— ঐ শান্তি ফংলি, অদু ওইরবস্মু কদায়দগীনো অশান্তিবু মশানা চিংথোক্কুনা পুশিল্লকই।

লান্নবা লৌবা হায়বসি মীওইবগী স্বভাবকা থানবা গুপয়া য়াত্রবা মওংগুম্বী। নাম্থোক্কুনা চেনগ্লবা ঙা অদুদনা থোইনা হেন্না চাউত্রনে!

সত্যেন্দ্রনাথস্মু মীনি। মীওইবগী স্বভাব কদায়দা চংখিগদগে? অস্মুক নুংশিবা, লুনা তৌবা অমসুং শান্তি ফংলিবা মসিগী মনুংদা মঙাক্নী থম্মোয়দা মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্লকপগুম ইগ্নাং লাংলকই, মদু নমথনবা নলিননা য়াম্না কন্না হোংনজবা তাই।

করি করিগুম্বদা নলিন্না মপুক্লিংদা খল্লকই, খঙলে মহাক্না অমুক ফাখবা ঙম্লরোই। অস্মুক কুইনা হোংনজরকপা, যতন তৌজরকপা, অরা-অনা থাংজরকপা পুম্নমক অরেম্বদা তাগ্রগনি।

নলিনীগী খজিক্কুং অশোয়বা উবদা সত্যেন্দ্রনাথনা হেক্তা খল্লি, সরলা লৈরম্লবদি অস্মুম্না ওইরমদবা য়াই।

অস্মুম্না ওইরমগত্রা হায়বা ঈশ্বরনা খঙলিগনি, ওইরমদবস্মু য়াই, মসিদগী শরুক মরি হেনগংনা ওইরবস্মু য়াই!

অদুবু মদুনা করি কান্নগদগে? মদু চোংথোক্কুনা চেনগ্লবা ঙানি।

সত্যেন্দ্রনাথ হৌজিক ফাওবা সরলাবু কাউবা ছমত্রি। ওকিসতগী কুমকপদা করিগুম্বা নলিনীবু উবা ফংদ্রবদি মহাক্না অশুম্বা হেক্কা খল্লকই, করি ওইরগদগে, অমুক করি ওইরগদগে?

নলিনী লৌশিং য়াম্না চাউবানি, মহাক মতম পুম্নমক্তা মপুরোইবগী মনাক্তা লৈ, মরমদি, মহাক্তা খঙই, হৌজিক ফাওবা মহাক্না সরলাবু কাউবা ছমত্রি হায়বা।

তশেংনা পুমকাউ কাউপ্রসন্ন, মসিগী য়াখলম্ব নলিনীনা কৈদৌউদম্ব খন্দে; অহুদি ওইরগ কারদবদা পুক্নিং নুংঙাইতবা পোকখিদনবগীদমক্তদি মহাক্না মতম চুপ্পদা শেন্নহুনা লৈ, যতন তৌই।

কাউদসন্ন, অহুবু মহাকপু থোওইদবা তৌবিদবা—অসিদনি নলিনীগী অপাম্বা।

গোপীনাথ রায় পাবনা জিলাগী মশক নাইবা উকিল অমনি। কলিকাতাদা মখোয়গী য়ুম নলিন খোয়গী য়ুমগা নক্কনা লৈ। করিনো মরি-মতা অমা থোক্নি হায়হুনা নলিনীনা কাকা হায়না কৌই।

গোপীনাথকী মন্দোল নুমিং খুদিংগী হায়বা য়াই, সত্যেন্দ্রনাথখোয়গী য়ুমদা হেক হেক কোইথোরকই। গোপীনাথম্ব তোহনা লাকই।

খুঙ্গংগী চংনবী মতুং ইন্না নুপীগী মখুড়া হায়বদি মকুতোনবু সত্যেন্দ্রনাথনা থোইদোক্না ঈকাই-খুম্নৈ।

যুম লাপ্পন্য নৈরবস্থ ইমুং অনি অসি য়াম্না লোন্দিন্নবা লোয়নৈ।

নলিনীস্থ মরক মরক্তা কাকাগী যুমদা কোইথোকপা চংলি; মরমদি অমনা কাকাগী যুম্নি, মতুগী মথক্তা গোপীনাথবাবুগী মচানুপী হেমাঙ্গিনিগা মহাক্তা য়াম্না চান্নে; অতাং ওইরিঙৈগী মমান্নবীনি, মখোয় কনানস্থ খাদোক্লবা পাম্মদে।

মতম অতু লুমিং যুংবা মতুংনি। সত্যেন্দ্রনাথ ওফিস চংখ্রে, করিগুম্বা থবক অমত্তা নৈত্রে হায়দুনা নলিনী লাই য়েকপা কমথরম্মী, অতুবু খুদক অতুমক্তদা গাড়ী অমা থৌজিল্লক্লুনা ডিপুটি ম্যাজিস্ট্রেটকী শুমাংদা থাল্লরে।

কনা লাকপগে? হেমাঙ্গিনী ওইরিনিনে?

অমুক খল্লুবগী দরকার ওইস্রে। য়াম্না চন্নাং-চথক্লনা হেমাঙ্গিনী চংলক্লে।

মহাক্লা হেক চংলকপগা নলিনীগী শম তাপ পায়ররে, হায়রকই, "অমুক লাইরিক ইবগী কান্নবা নৈতে, হৌগংলো, ঐখোয়গী যুমদা চংসি, ওরাং ঐখোয়গী দাদাগী ইনস্মা লাক্লে।"

নলিনীনা হায়রকই, "ইনস্মা লাক্লবা, লোয়নতুনা লাকমিন্ন-দ্রিবদি করিগীনো?"

হেমাঙ্গিনীনা হায়রকই, "মতুবু হেক্তা য়াত্রনে? নৌনা লাকপনি, খুদক্তা নখোয়গী 'সিদা কমদোনা লাক্কদগে?"

নলিনীনা হায়রকই, "অহৃদি ঐস্ু কৈদৌনা চৎচরুগদগে ?"

হেমাঙ্গিনীনা নোক্নুা হায়রকই, "ঐনা নগুবু নমহৃনা চিংহৃনা পুগদৌরিবনি।"

শম পায়হৃনা চিংহৃনা পুরবদি নলিনীদা করিগীনো, অয়াম্বনা চৎপা তাবনি ! নলিনীস্ু চৎপা তারে।

চৎপদা নলিনীগী থোইদোক্লা য়াম্লিংদবা লৈ, মরমদি মখোয়গী যুমদা চৎলবদি হল্লকপদা হেক্তা থেংই।

অমুক অনিরক নলিনীনা ময়ুমদা হল্লক্লিংঙদা সত্যেন্দ্রনাথ ওফিসতগী কুম্লক্নুা লৈরম্মী। অহৃগুম্না ফিভম অহৃদা সত্যেন্দ্রনাথ য়াম্না থুদোং চাদে।

মহাক্কী মপুক্লিংদা করিনো খনসনু অহৃগা খন্দসনু, নলিনীনা য়াম্না ঈকাইজে ; মরমদি মহাক্লা খঙই, ওফিসতগী কুম্লকপদা মহাক্লা মখুংমক্লা হুমাই হুমহৃনা সেবা তৌব্রিবমখৈ মপুরোইবগী চুমাং শৌবা হন্দে।

বিধাতাগী ইচ্ছানি— ফনা কয়া হোৎনহৃনস্ু ঙসিস্ু নলিনী পুং তরেৎকী মমাংদা হল্লকপা ঙম্মদে।

মহাক্লা হল্লকপদা উরে, সত্যেন্দ্রনাথ খবর পারি, মতম অহৃদস্ু করিমত্তা চায়ম থক্লমদ্রি। মপুরোইববু পীজ-পীথকপগী থৌদাং নলিনী মশানা লৌজে।

মনাক্তা চংলকপদা সত্যেন্দ্রনাথনা নোক্লকই, অহৃবু মীনোক অসি হয়াওবগী নত্তে হায়বা নলিনীগী পুক্লিংদা ফাওরকই। মহাক্কী থম্মোয় তনিক্লকই।

আসন থাহনা নলিনীনা অচা-অথক পীজনবা হোৎনরকই, অদুবু সত্যেন্দ্রনাথ মহ্ করিমত্তা শোকউ য়াদ্রে ! মহাক্না শুপ্লাম লামদে হায়রে।

নলিনীনা ফনা কয়া অঙম্বমথৈ হোৎনজহনস্তু মহাক চাও হায়বা শুপয়া য়াদ্রে।

মপুরোইবনা য়াবোনিবা অসিগী মরম নলিনীনা তাব তারে।

# তরুক

ঙসি হেমাঙ্গিনী মুপা মযুমদা চৎলগনি। মহাক্কী মপুরোইবা উপেন্দ্রবাবুনা মহাকপু লৌরবা লাক্লে।

মুমিং ফনা কুইরে নলিনীনা হেমাঙ্গিনীগা উম্নবা চৎত্রিবা। অদুমা ঙসি হেমাঙ্গিনীনা য়ান্না মুংঙাইজদবা উৎতুনা লাক্লনবা মঙোন্দা চিঠি ইরকই।

নলিনীদি রাশকপ্রবনি, মপুরোইবগী য়াথং য়াউদনা মহাক অমুক কদায়দস্মু চৎলরোই; অদুবু ঙসি মহাক্না রাশক অদু ঙাকপা তারবদি চান্নরবী মতারোইগী মশক অমুক উবা ফংলরোই।

নলিনী খুদোংথীবদা তারে।

হেমাঙ্গিনীনা ইরক্লি, মখোয় পুং অদুমগী ট্রেন্দা চৎকনি। মদু ওইরবদি নলিনীনা মপুরোইবগী য়াথং করম্না লৌরুখিগদগে?

মতোমদা [কাওবা তর্ক কয়া তৌজরবা মতুংদা নলিনী চৎপদা লেপ্লে।

চৎলমদায়দা মহাক্না মীনাই মুপীদা পুং অদুম হেক তাবদা গোপীনাথবাবুগী য়ুমদা গাড়ী থারকউ হায়রম্মী। গাড়ী অদুস্মু থারকখি, অদুবু হেমাঙ্গিনী পুং অদুমগী গাড়ীদা চৎত্রে। মরম অদুনা মহাক্না নলিনীবু করিগুম্না মওংদস্মু থাদোক্লে।

নলিনীনা ৰুনা চক্রি তৌহুনস্থ হেমাঙ্গিনীগী মখুৎতগী নাঙ্গোকপা ঙমখিন্ত্রে।

হেমাঙ্গিনী ঙসি মতম কুইনগী ওইনা চংখিগদৌরিবনি। ৰুনা কুইনা অমুক উন্নবা ফংলরোই— তরায় তরায় কনানা হেক্তা থাদোকত্রা ?

য়ুমদা হনবা খেংগ্রবদি মপুরোইবনা শাউগনি, রাকম অসি হায়দোক্লদবস্থ নলিনীদা ঈকাইম' থোকই— রাকম অসি কনানা পাক হেক থাজগদগে ? অস্থুক তোনবা অসিবু কনানা য়ানিং-গদগে ? মরু ওইনা চহি মতাং অসিদবু ?

মমৈথংদা রাকম অহু ফাওবা মহাক্লা হায়রম্মী, অহুবু হেমাঙ্গিন.না মহু থাজবিন্ত্রে।

মহাক্লা নোক্লুনা হায়রকই, "ঐবু অপঙবনি খল্লুনু। শাউন-খোংনবগী রাথোক ঐ য়ায়া মুন্না খঙই। উপেনবাবুস্থ য়ায়া শাউগল্লি হায়বা খঙলিবহুনি।"

অস্থুয়া হেমাঙ্গিনীনা রাকম অহু কাগী তাইনখ্রে ; অহুবু নলিনীগী থম্মোয়দদি মৈশা লাংলকই।

পুন্নমক্কী মপুরোইবা থুদিংমক ছাঁচা এমম্বগা হৈহুনা শাত্রা ?

মপুরোইবা পুন্নমকপু উপেনবাবুগী মতৌগুম্বরা ?

নলিনীনা ময়ুমদা থুংলবা মতম অহু অহিংগী পুং তরা তারে। হল্লকপগা বাবু মপালদা তুমখ্রে হায়বা মহাক্লা তারে।

মাতঙ্গিনী ওরফে মাতু, নলিনীগী মপামগী মীনাই মুপীনি, মহাক নলিনীগা লোয়নদুনা লাকখিবনি। মতম কুইনা লৈনিম্ন-ব্রক্সবীনি, মহাক্না নলিনীবু খোইদোক্না লুনা লিংজৈ, অদুনা মহাক্না নলিনীদা ঙসি মরিক চুম্না বা মঙা-তরা তমদুনা খঙহনখ্রে। য়ুম অসিদা শুপ্নগী মহাক্তনা খঙই, সত্যেন্দ্রনাথনা কা-হেন্না শাউদুনা মপালদা কম থাননবা য়াথং পীখিবনি হায়বা।

খেংলবা অহিংদা কয়ুংদা হিপথরগা মমিং উৎশিন্দুনা সত্যেন্দ্রনাথনা হৌগ্রবা নুংশি-ব্রাৰী নোক্নৌনন। নিংশিংননবা হোৎনরকই, মতম শাংনা হৌগ্রবা মোমোন্নবা থম্বাল মানবী সরলাগী মাইথোংগা নলিনীগী মাইথোংগা খরমথৈ চাশিন্নত্রা হায়বা খন্দুনা য়েংলকই। সরলাগী নুংশিবগী মফমদদি নলিনীগী নুংশিবা, সমুদ্রগী মফমদা মণ খোঙ্গুলগী ঈশিংগী মতৌগুম্বনি হায়না খনবা ঙমনবগীদমক্তা মহাক্কী থম্মোয়-নুংদা অকনবা লাম্হেং অমা হৌরকই।

মতম অসিমক্তদা খোঙ শাংদুনা নলিনী তপ্না তপ্না কা অদুদা চংলকই।

সত্যেন্দ্রনাথনা লৈদুনা য়েংলকই, নলিনীনি।

নলিনী চংশিল্লকুনা সত্যেন্দ্রনাথকী মখোঙ ময়াদা কম্লরে।

সত্যেন্দ্রনাথ মমিং উইশিন্দুনা লৈ।

কনা কুইরবা কাওবা মতৌ অহম্না অহম লৈবা উবদা সত্যেন্দ্রনাথ মখোইদো শাউগংলক্রে, নাকল্লোমদা য়াওন্নগা মুপা/

খোকপা মওংদা মরেক লেংবা খোজেলদা হায়রকই, "নঙ মকম অসিদা করিগীনো ?"

নলিনী কপ্লি, বা ঙাংবা খোক্তে।

কপ্পা উবদা ডিপুটি সাহেবনা অশাউবা হাইকেং উংতুনা অমুক হায়রকই, "অহিং থেংলে, চংল্লো, মনুংদা তুম্মুরোচো।"

নলিনী কপ্লক্লি ; হন্দক্তি মপী তৈথোক্লগা মহাক্না হায়রকই, "নহাকস্থ তুম্মুরসি চংসি !"

সত্যেন্দ্রনাথনা মঙক হাইরকই, হায়রকই, "ঐ য়াম্না তুম্নিংলে, অমুক হৌগংপা ঙম্ররোই।"

কপ্লুরবদি সত্যেন্দ্রনাথনা শাউরক্লনি। নলিনীনা মপী তৈথোকপ্লে ; মপুরোইবগী মনাক্তা মহাক অমুক কপ্পরোই। ঙপ্পা মখোঙদা মখুং থম্নহুনা নলিনীনা হায়রকই, "হন্দকমুক্তি ঐবু ঙাকশিয়ু। মকম অসিদদি নঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইরোই, মন্নুংদা চংলসি।"

সত্যেন্দ্রনাথনা মন্নুংদা অমুক চংলগ্নোই হায়বা বাশকপ্লবনি। মহাক্না হায়রকই, "নুংঙাইরোইদবগী বা অহিং অসিদা থম্লুহুনা কাম্নবা নৈত্তে ; নঙ তুম্মুরো, ঐস্থ তুম্নগে।"

নলিনীন সত্যেন্দ্রনাথবু খঙই।

অহিং চুপ্পা মহাক মশাগী কাদা কমহুনা কপত্তুনা লেপ্লি। হংনিংই, হো হেমাঙ্গিনী, লাক্কুনা অমুক্তস্থ য়েংলক্তবা ?

শাক্তম-খোংবগী ম্যাথোক মথাক থাম্না মুক্না থওই হায়বদার—অমুক্তং থামজিল্লগে হায়রিত্রা ?

মথংগী নুমিৎতু সত্যেন্দ্রনাথ মহাক্কী কাদা চংলক্লে, অদুগা নলিনীগতু উন্নরুদে।

নলিনীগী চিঠি অমা মাতুনা সত্যেন্দ্রনাথকী মখুংতা পীরে।

মহাক্না মহু পাদনা মাতঙ্গিনীগী মমাংন্নক্তদা শেং শেং শেগায়দুনা লংথোকপ্রগা হায়রকই, "অসিগুম্বসি অমুক হন্না পুরকনু।

নুমিৎ মরি-মঙানিগী মতুংদা নোংমা নলিনীগী মবুং অহল শ্রীযুক্ত নরেন্দ্রনাথ পাবনাদা লাকুনা থুংলরে।

খঙহৌদনা মবুংবু উবদা নলিনী থোইদোক্না পেল্লে, অদুবু মদুগী মতিক ঙকই।

"দাদানিদনা ?"

নরেন্দ্রবাবুনা নলিনীগা উন্নরগা নোকুনা হায়রকই, "নপামদা চৎনিংবনা অদুক লাংতক্নুরিবা করিগীনো ইবুংগী ইবেম্মা ?"

লাংতক্নবা ! রা অসিগী অর্থ নলিদীনা খুদক্তা খঙবা ঙমগ্রে। মহাক্না নোকুনা হায়রকই, "নখোয়গা উন্নদবা মতম কুইরেদনা।"

# অরেং

মপুরোইবগী পুরাখাবা কুমছুনা পুক্নমগা নলিনীনা মরুংগা পাড়্‌দা কাথংখিবা মুহিং অহুগী অহিংছু সত্যেন্দ্রনাথ মহিং কক্লা অমা কাওবা ঊইশিনবা য়াখিদে।

অহিং চুপ্পা সত্যেন্দ্রনাথনা খল্লকই, অস্থুক হাক্লা তৌত্রবগ্‌ য়ারবগনি।

সত্যেন্দ্রনাথনা কয়াবক হন্না খল্লকই, হৌজিকগ্‌ মতম লৈরি, মতম অসিদগ্‌ পাড়্‌ অমুক হল্লকহনখিবা য়াগ্রি।

অহুবু অঙকপনি হে য়ারোবা! মহাক্কীদমক নলিনীবু হল্লকহনখিত্রে।

চংখিবা মতমদা য়াতুগ্‌ লোয়নহ্নুনা চংখি। মহাকথক্তনি চংপগী অশেংবা মরম থঙবা।

নলিনীনা মাতুদা থোইদোক্লা চেংনা পাউমেন্নগী মহুদি, মহাক্লা ময়ুমদা করিগুম্বা বা অমত্তা হায়দোক্তনবা।

নলিনীনা মপুক্লিংদা খল্লি, বাকম অসি করিগুম্বা শঙনগ্রবদি মপুরোইবগী থিংচং থিগনি। কসম্থ অহুগা কক্তসনু, মহাক্কী মপুরোইববু থিনা চাংনগদবা করাগী মতিক লৈ ?

মপাম য়োরগা নলিনীনা মমা-মপাগী খুয়াখাদা খুক্লমী, মৌপরা অতোম্বু মখাদা শম্বংচৈ, মহাক শুগ্গী নোকপদদি মঙমদ্রে।

মমানা হায়রকই, "ঐগী মলিনী নোংমা চুপ্পা গাড়ী তোংলকপগী য়াবনা মশক-মচু থোক ওল্লে।"

অদুবু মকশিনখিবা মাইথোং অদু অমুক মকা লায়রকখিদ্রে।

পৃথিবীদা কয়া কয়া উবা ফংই, ইচম চম্বা মরম অমনা ভমথীনা মাং-তাকপগী হৌরককম ওইরকপা। শূর্পনখাগী থম্মোয় হাইক্কেৎ তথকপনা সনাগী লঙ্কা তুম্নবগী মরম ওইখি। শক্টী খিত্তং মীহৌরুবনা ট্রোয় সহর তুমখি। মপুকচেল চাউরবা নিংথৌ হরিশ্চন্দ্র করিস্তু নৈতবা মরমদগী অদুক খুদোংথীবা নংখিবনি; জগৎতা অসিগুম্বা খুদম তাংনা থোক্কে।

মকম অসিদগুম্বা চুম্নগী য়ারোবা অমথক্কা তমথীবা ফংবা খুদোংথীবা ওইরক্লি। মসিদা সত্যেন্দ্রনাথদা দোষ পীরুগদ্রা?

নলিনীনা কৈদৌঙৈদস্ত য়ারোরুবা তৌদে, মপুরোইবনা সুংঙাইখিরোই হায়না মপুক্লিংদা খল্দুনা মহাক্কা ভুম্মিন্না পুন্নমক থাংজরকখি— অমুক উন্নক্লে।

মহাক্কা খল্লকই, করিস্তু নৈতবা মরম অসিগীদমক্তা মপু-রোইবনা ভাম্থোকপিরক্লবী মহাক শিত্রিবা করিগীনো?

শাথীনা য়ারোবনা নলিনী অম্মুম অম্মুম ময়াং কংশিল্লক্লে।

অসোয়দা সত্যেন্দ্রনাথকী ৱারোৱা কোকয়ে; মিংকুপ অমত্তং কাওবা থানত্তুনা লৈবা ওমদবা মহাকী তৌশিন্নবা ৱারোৱা অহু নুমিং কয়া কুইনা লেংদনা লৈপদগে? ৱারোৱশু তমথীনা অয়াবগী মশক ওইরক্লে।

সত্যেন্দ্রনাথনা নুমিং খুদিংগী য়েংত্নুনতা লৈ— ওসিদি নলিনীগী চিঠি থুংলবা য়াই, ঐবু লৌবিরো হায়না মহাক্না ইরকপা য়াই।

সত্যেন্দ্রনাথনা খল্লি, মহু ওইরবদি কোকথক্তা থোঙ্গংত্নুনা পুরকনি, অহুগা করিগুম্বদস্মু অসিগুম্বা চুমদবা শাজং চংলরোই।

অহুবু লাইবক্তা তম্বদগী কনানা নাম্থোকপা ওমগদগে? ওইকম থোকপা অহু ওইগদবনি। নঙ ঐদি গুপ্নগী পিক্লবা জীব ওইবদনি!

ওসি হয়েং তৌনা থা তরুক হৌখ্রে। লাইবক থিরবী অহুনা করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তা ইরকখিদ্রে। পাপ চেল্লবা সত্যেন্দ্রনাথ নিংথা কায়খ্রে, অহুবু মপুক্লিং কাজিন্দুনা থম্মী।

থা তরুক হৌখ্রে। অস্থুম অস্থুম সত্যেন্দ্রনাথ থাংঙল্লক্লে। মাংগ্রবা ৱারোৱা অমুক ঈহৌরক্লে, অশাউবনা মহুদা তীল্লয়ে। খল্লকই, অম্থুক নাপল চাউবী মহাকপু অহুম্নক লমন খুমগদবনি।

কনানস্মু মশাগী মরাল ওম্না য়েংনখিদ্রে। খুইথরবা থম্মোয় অনি অহু পূন্সি চুপ্নগী ওইনা তোঙান্না থায়দোক্লখ্রে।

যৌবনগী হৌগংলকপদা তনৌরিবী উনাবু কনাশনো চিংলরে, অমুক খাংবা ওয়রক্রে, হন্দক্তি শেগায়বা হৌরক্রে।

সত্যেন্দ্রনাথ। নঙোন্দা দোষ তৌদে, মঙোন্দসু দোষ পীদে। নখোয় অনিমক লায়া লৌনরে, দোষ লংশিন্নদে।

অশোয়বহু উংগা ওয়বদি কনানা খিং হেন্না থম্মোয় শোক্লদগে, মহুদি ঈশ্বরনা খঙলিগনি। ঐখোয়নসু খঙলুবা ওমদে, মখোয়নসু খঙলুবা ওয়রোই।

ভাব তাবা ওমদে— করি অপাম্বা, করি অনিংবা ফংনবা হোংনবদগী মখোয়না মসি য়োনথ্রিবা।

অনিংবা থুংদ্রে ; অনিংবা থুংবগী অপাম্বসু লৈত্রে। অনিংবহু করিনো হায়বা অহুসু মুন্না খঙলমদবা য়াই। অহুম ওইনমক পুঙমত্রবা থম্মোয়গী করিনো পেন্দবা অপাম্বা অমনা মতম থুদিংমক্তা হাহাকার লাউরি।

করি ওইরক্কদগে, করিগীনো মশক উদবা ঈচেল নিশান থারুদবা ওমখৈ অহুদা চেম্বহনথ্রিবা, করিগুম্বা মওংদসু মহু নৈনরুবা য়াবা নত্তে।

থোক্লগদবহু থোকখ্রে। পামহুনসু পুক্লিংগা লাম্বেংনহুনসু নহাকপু মরাল অহুদগী নাম্বোকহল্লগনি। নাম্বোকহল্লগত্রা ?

# নিপাল

অহুগুম্বী রূপ-গুণ চংথোনবী মমৌম্নুপীবু মচানুপানা থোইদাজ্রে! য়ুম্বুরেনবী য়াম্না মথরায় নুংঙাইরমদে। অহুগুম্বী থাজ মানবী মৌগা য়ুম্বানমিন্নবা ঙমদ্রে খল্লুবদা য়ুম্বুরেনবী থোইদোক্লা কাহৎখ্রে।

মমানা চামরক হন্না হোংনহনস্থ মচানুপাগী পুকচেল হোংখিজ্রে।

হৌজিক অমুক করি উপায় লৈরিবগে? ইচানুপানা পাম্বিদ্রবা মতমদবু কনাগী ইমৌনুপী? ইচানুপা মুংশিবদগী ইমৌনুপী মুংশিবনি। অহুগা ঐনা কৈদোনা খুং থিংজিন্নুগদগে? মশানা য়েংজ-চংচহনা লুহোংবদা ঐনা করি থিংবা ঙমগদগে? অসিনচিংবা মুক্রম মুক্রম শোন্না চংনবীগী মতুং ইন্না য়ুম্বুরেনবীনা মৌ ওক্লবা শেম-শারকই।

চহি অনিগী মমাংদা হরদেববাবু শিখি। রাকম অহু নিংশিংলকই— মমিংতা মপী ঈরা চেল্লকই, অমুক নলিনীগী রা নিংশিংলকই— মপী অমুকস্থ শিন্থরকই।

কনানা থঙগনি, কমদোবা মৌ লাকদগে? য়ুম্বুরেন হিংলম্বা থোক্লবদি লাইবক থীবী ঐগী মিংতা অরাবা অসি উজরমদবা য়াই।

সত্যেন্দ্রনাথ লুহোংলুহনা লাক্লে। মমৌমুপী ওক্লনা পুশিল্লে।

অমুক লাইবক থীবীগী মমিংতা মপী শিন্থরক্লে। মপী তৈথোক তৈথোক্লা মহাক্লা হায়রকই, "মিংসে করিমত্তা উত্রে, পীদমক তারকই।"

গিরিবালা য়াম্না হায়ঙম-তৌঙমদবী লুপীনি— মরু ওইনা নলিমীগা মহাক্তা য়াম্না লোন্দিন্নজরম্মী, মহাক্লা খোক হায়দোরকই, "চহি মতাং অসিদা অছম্নক, অতৈম্মু কয়ারক উরকখিগদগে কনানা খঙগনি!"

রাহু য়ুম্মুরেনবী তারম্মী, সত্যেন্দ্রনাথগীম্মু মনাকোং য়ৌথি।

হয়েং য়ুমদিন্নবগী নৈগী শয্যানি।

কদায়দগীনো পোৎপাং ময়াম অমা থুংলরে। মর-কন্যাগী ঢাকাগী শাড়ী, ফৈজোম, চাদর অসিনচিংবা য়াম্না ফজ-ফজবা মখলগীনি। লুহোংবদা কন্যানা ইন্নবা বারাণসী ফিগুম্না অফুক ফজবা ফিদি খুঙ্গংদা মসিগী মমাংদা বনানম্মু উখিদ্রি। ময়াম্না হংনরকই, "কনাগী পোৎপাংনো?"

অচুম্বা রাফম লোংশিন্নহনা মমানা হায়রকই, "সত্যেন্দ্রগী কনানো মরুপ অমনা থারকপনি।"

মমানা ঈহৌরক্লিবা পীরাং থিংহনা, থুপচাম্নহন্না নোক্লিংবগা কপ্লিংবগা য়াম্নমা পোৎপাংদা য়াত্তরকপা অথুম-অহাঙনচিংবা ময়ামদা য়েঙ্খোরকই।

ময়াম মাগী মাগী শরুক পুন্থনা চংনখি। চংলমদায়দা রাজবালানা হায়রকই, "পোংপাং অসি য়ায়া নিংখিজে।"

নৃত্যকালীনা হায়রকই, "মহু করিগী ওইরোইদগে? অচৌবা মীনা পোংপাং খারক্লবদি অম্মুমক থানরিবনি।"

অম্মুম অম্মুম রাকম্ম অহু নমশিনখ্রে।

মতম অহুদা যোগমায়ানা হায়রকই, "ফরে, অমুক হন্না লুহোংলিবা করিগীনো?"

জ্ঞানদানা হায়রকই, "কনানা খঙগনি ইনাও, মশক্তা গুণদা করিস্নু রাংতবা মৌনি। কনানঃ খঙগনি মহু 'পুম্বহু খঙলুবা ঙম্বা নস্তে।"

রামমণিনা জাতিদা নাপিত নিঙোলনি: অহুদি ওইরগা ফিভম কৈ, মশকম্নু থিবা নত্তে, মনাতোন্দু খিত্তং নমতক তৌবদনি। কনা কনাগুম্বা মীরা ঙাংবা পামজবা মীনা মহাক্তা মমিংতুম্নু দোষ পীনে, হায়নৈ শামু মমিংতগীম্নু হেন্না পিকই।

ওইজসন্নু, নিন্দা তৌনবা অসিদা ঐখোয়গী কান্নবা লৈতে।

রামমণিনা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "নখোয়গী কোক্তা বুদ্ধি লৈরবদবু রাকম অহু অমুক হায়খিগদ্রা। মাগুম্বা নহানা নুমিং চুপ্পগী থিক থিক নোক্লুনা রা ঙাংজবা শাই, মহুমক্তনা ঐ চিংনরকখিবনি, শাজং লুদে, লমচং চুমদে। অহু নগ্রবদবু কনানা পাক হেক তাপ্পোক্তদগে? অমুক হন্না লুহোংগদ্রা?"

চিন থোক্না। হায়দোক্নব্রবস্থু ব্লাকম অসি অয়াম্বগী পুক্নিংগা চানৈ।

মসিগী নোংমা মিনিগী মসুংদা থুঙ্গংগী মী পুম্নমক্না খঙনগ্রে মহুদি, ব্লামমণিনা জমিদারগী ইমুংগী অথুপ্পা রা খঙগ্রে। মাপিত নিঙোল নংলমদহুনা বামোন-কায়হৃগী নিঙোল ওইরম্লবদি লৌশিং অমুক হাক্না শৈরমগদ্রা? ব্লাকম অহূ অমাম্বনা থাজনা লৌনগ্রে।

হন্দক্তি য়ুম্নুরেনবীগী পালীনি। ব্লাকম অসি মহাক্কী নাকোং য়ৌগ্রে, থোঙ পৌরোন থাজিল্লগা মহাক তশেংনা নৈমায়দা হাইহংতুনা তুগ্রে।

ঐগী নলিনী লমচং নাইদবী! খঙদে করিগীনো য়ুম্নু-রেনবীনা সরলাদগী হেন্না নলিনীবু নুংশিজ্জ। মপোক অসিগী ওইনা নলিনী লাইবক থিবী ওইগ্রে।

য়ুম্নুরেনবীনা মপুক্নিংদা খল্লকই, অহন্না ওইরম্লবদি কৈ— অহ্ নংলমদ্রবদি ঐনা নলিনীবু পুহনা কাপ্পদা বাস তৌরুগনি।

মতম অহূদা মহাক্না থোঙ হাংলগা মাতুবু কৌশিল্লুরগা অমুক থোঙ লোনশিনগ্রে।

মাতুনা পোংপাং অহ্ পুরকখিবনি।

মখোয় অনিগী মিংকী পীরাং য়াম্না শিন্থরকই। কম্বদোনা নলিনীগী সনা অহিংবা কুহু অহ মুশিনগ্রবগে, করিগী মব্রাদগী

"অহুম্মা তাস্থোকপিগ্রগা অমুক লুহোংলবদবু ঐনা কনাগী মচিন মেল্লুবা ভমথিগদগে?"

"মচিন মেল্হুরগা করি কান্নগদগে?"

"অদু ফাওবদা লৈশিল্লুররোইদ্রা?"

"লৌশিল্লরোই।"

মমা মৈ থৌনা শাউরক্লে, কমদৌনা শাউগদগে মতমদুদা করি হায়গদগে হায়বা অদু মহাক্কা হান্নবা লেপথোক্লগা লাক্লি-বনি, মরম অদুনা করিস্থ খল্লমিংডাই ওইদ্রে, হায়রকই, "অদু ওইরবদি হয়েংমক ঐখু কাণীদা খাননবা শিল্লো। ঐ মফম অসিদা অমুক মিংকুপ অমা ফাওবা লৈনিংদ্রে।"

সত্যেন্দ্রনাথ অমুক সত্যেন্দ্রনাথ অদু ওইদে। সরলাগী হরাওজবা লন, শান্নপোৎ, পামজবা পোংশক— তোররিংবা, পুকচেল চাউবা, থম্মোয় চম্বা, হরাও-মোমোম্নবা মপুরোইবা, নলিনীনা য়াম্না যকন তৌজরকপা, অরাবা য়াম্না খাংজরকপা, পুক্লিং তাজবা সত্যেন্দ্রনাথ অদু অমুক লৈত্রে। মহাকস্থ থম্মোয়দা নুং ফুমগ্রে, ঈকাই-হকৌ, অফ-ফত্তা জ্ঞান পুম্নমক মাংগ্রে— মহাক্না করিমত্তা থৌশাদনা হায়রকই, "নহাক্না চংনিংবা মফমদা চংখ্রো। ঐ কনাবুস্থ লৌশিল্লুবা ভংমোই।"

সত্যেন্দ্রনাথগী মফমদগী রা অসি তাগনি হায়রবা মমানা মমঙদা কাওবা খল্লুদে— কপ্না কপ্না চংখ্রে।

চংলমদায়দা মহাক্লা অমুক্তং হায়রম্মী, "ঐগী ইমৌনুগী লমচৎ নাইদবী নত্তে, মহ্ন শেংনা খঙজো। থুঙ্গংগী মীশিংনা ঙাংননিংবমখৈ ঙাংনজসপ্ন, অদুবু ঐদি করিগুম্নদম্ন মহ্ন থাজবা ঙম্মোই।"

মথংগী মুমিংতা মনেনা সত্যেন্দ্রনাথ কৌহুনা হায়রকই, "নহাক্কী মরুপ অমনা নডোম্দা পোংপাং থারকই, উরব্রা?"

সত্যেন্দ্রনাথনা মঙক হাইদ্রকই। হায়রকই, "মরুপ কনানো?

"খঙদে। ঙাইখো, ফিশিংদু লৌরুখিগে।"

ঙাইহাক লৈরগা মনেনা ফি মপৈ অমা পুহুনা চংলকই।

সত্যেন্দ্রনাথনা উরে, থোইদোক্লা মমল য়াম্নবা ফিনি। মহাক চঙক্রগ্রে। করম্না মরুপ্পা থারক্লিবনো? লুহোংবদা কন্যানা ইম্নবা ফিহ্ন য়েংনা য়েংনা মগাক্লা উরক্রে, ফিজি মচি অমদা করিনো অমা পুল্লি। হাংদোকপদা উরে, অপিকপা চিঠী অমা।

থুংই উবদা সত্যেন্দ্রনাথগী মকোক উরু-রু লৈখ্রে। ইরি—

ইনাও, নুংশিবগী থুদোল লৎনবা হৌনদে। নহাবী নচেনা থারক্লিবহ্ন লৌশিল্লুকো।

অহিং অদুগী লৈগী শয্যা সত্যেন্দ্রনাথগী মক্কমদা তিজ্ঞাংগী শয্যা ওইখ্রে।

# মাপল্ল

পাখংগী রাবৌবা কনাগুম্বা নুপামচাগী মফমদা উগ্রত্রা সত্যেন্দ্রনাথগী মতৌগুম রারৌহুনা অহুক হাক্লা অরেম্বা রাখোক ওইনবা কনাগুম্বা নুপামচাদা উগ্রত্রা ? অদুগা ওইরিবৈদো লাইরিক পাম্নহুনা শান্নরুই হায়হুনা পাবুংগী মফমদা চৈরাক কংখি।

সত্যেন্দ্রনাথ ! নহাক্লা থম্মোয় পান্নহুনা শান্নরুবে ; চৈরাক কঙ্গনি, অকীবা লৈতত্রা ?

নখোয় নহানি ; সংসার অপুম্বসি নখোয়গী মফমদা সুংঙাই-বগী তুংনফম্নি ; অহুবু হায়রু তাসি, মখোয় কনাগীসু অহুগুম্বা মতম অমা লাক্কত্রা— থম্নায়হ তংশেংনমক পোৎলুম ওইনা খল্লকপা ! পুন্সিগী তাঙ্কক খুদিংমক কোমখোরক্কুনা চোকথবগী মতৌগুম্না তুথরক্কদবগী তৌরকগ্রত্রা ? তৌরকখিদবা লৈরবদি অমুক্কং সত্যেন্দ্রনাথদা রেংউ। তুক্কচনিংলবসু ননিং তৌনা তুক্কচৌ। তুক্কচৌ, মীনুংশি উংলোইদবনি। তুক্কচৌ, করিসু হায়রক্লোই ; থোজাল্লুগু, শিদোকখিগনি।

পাপী করিগুম্বা শিখিবা থোক্লবদি প্রায়শ্চিত্ত কমানা তৌগদগে ? সত্যেন্দ্রনাথনী চোকথরবা পুন্সিগী নুমিৎ খুদিংমক

থাংজমদবা পোংলুম অমমম ওইরক্লে। মুমিং চুপ্পা ওন-থোইনা থাংহুনস্নু মহাক্না পোংলুম অহু অমুক থাংথবা ঙমদবগুম্মী।

সত্যেন্দ্রনাথনা মরক মরক্তা হৌখিবা পুন্সি 'পুম্বা কাউথোক-প্রবগুম কাওরকই; গুপ্পগী কাউথোকপা ঙমত্রিবদি মহাক্কী চান্নথোইবী নলিনী পাবনাদা লমচং নাইদবী ওইখি, অহুমা মহাকপু মাগী মপুরোইবনা তাম্থোকপিখি হায়বদনি।

চাউরাক্লা থা অনিরোম হৌখ্রে, সত্যেন্দ্রনাথ লুহোংখিবা। ঙসি চিঠি অমগা পার্শেল অমগা সত্যেন্দ্রনাথকী মখুৎতা থুংলরে।

চিঠি অহু নলিনীগী মবুং নরেন্দ্রবাবুগীনি, মহু অসিনি—

সত্যেন্দ্রনাথবাবু,

ঙনা হৈনিংদহুনস্নু অদোমগী মফমদা চিঠি ইখিবনি, মহু গুপ্পগী ঐগী খরায়দগী হেক্তরবী ইচল-নুপী নলিনী মথাকথক্কীনি। শিদ্রিঙৈগী মমাংদা মহাক্না য়াম্না কন্না হায়জরম্মী, অদোমগী খুদোপ অহু অমুক পীখোকখিনবা। অদোমগী মিং থাবা খুদোপ অহু থাজত্রবনি। অদোমগী নুপী অনৌবী অহুদা শিহনবা ইচল-নুপীনা পামজরম্ম, থাজে মহাক্না আশা অসি থুংহনবিগনি হায়না। অহুগা শিদ্রিঙৈগী মমাংদা মহাক্না অদোমগী মফমদা থোইদোক্লা নোল্লুক্লা চেংনা হায়জরম্মী, মহাক্কী মনাওনুপী অতোম্বী অহবু মৈশা লাংহনবিদনবা।

শ্রীনরেন্দ্রনাথ

নলিনীগী মচান্নুপা যাম্না পিক্না শিখিবা মতম অহূদা সত্যেন্দ্রনাথনা খুদোপ অসি মহাক্কী মথুংতা শিজিনবিখিবনি ; বাকম অহূ লিংশিং-লাকশিংলিত্রা ?

সত্যেন্দ্রনাথ পাবনাদা অমুক হন্না চংখিদ্রে। মরম ওইনিংবা ওইজরবন্তু মমা-ইবেম্মা কাশীদা বাস তৌবা অমুক চুমখিদ্রে।

মৌ অনৌবীগী মমিং বিধু কৌই। বিধু হৌখিবা মপোক্কা নলিনীগী মনাও-নুপী ওইরম্বা য়াই।